লেংজবা

শ্রীহিজম গুণ সিংহ

ফোঙদোকচবী

কুমারী হিজম শ্রীমতী দেবী
কৈশামপাৎ, থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল

AROIBA PAODAM : Novel in Manipuri meaning "Last Message" Written by Sri Hijam Guna Singh and published by Km. Hijam Shrimati Devi of Keisampat, Thokchom Leikai, Imphal 795001, Price : Rs. 30/- only.

অহানবা ফোঙবা

সেপ্তেম্বর তাং ৩, ১৯৬৫ ইং কুম

ইরাই মুমিং।

অনীশুবা ফোঙবা

নোবেম্বর, ১৯৭৯ ইং কুম



কংকম

লাইরিক লেংবগী মুম

অমসুং

লাইরিক য়োনকমশিং

মমল

লুপা ৩০.০০

ছাপা তৌবা

ভাগ্যবতী কার্য্যালয়

চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স

শগোলবন্দ, ইম্ফাল

কণ্ঠোকচবা

মরুপলোই,

ঐগী অমকপা, অমম্বা থম্মোয়ম্নুং
ঈরাংচঙ্ভে নংবু হে মরুপলোই—
পীনরি অঙানবা, উরমদবা শক্তম !
তাউজগে মঙানসিদা মৈরানবীগুম,
তাউজগে পুল্লিচুপ্পা !
'তুগী লমনদি—
লৌবীসি ঐগী "অরোইবা পাউদম" —
শীঙেল লৈশক নাইড্রিবী,
লৌবীসি হে মীংনাইদ্রবা মরুপলোই !

লাইরিক লেংবা

## অনীশুবা ফোঙবদা নিংশিংজবা

উপন্যাস অসি অহানবদা ফোঙখিবদগী চহী কুন হেন্না ফোঙবা ঙমদনা লৈরুরে। শ্রীগোবিন্দগী থৌজান্দগী অমুক পুথোকচবা ঙমহনবীরে। অহু ফাওবদা ঐগী মরুপ সর্ব্বশ্রী ভাগ্যবতী কার্য্যালয়গী মপু ওইনা অশিন-অয়ান তৌবীরিবা শ্রীফুরাইলাৎপম বাসুদেব শর্ম্মাগী থৌইনশিন অমসুং শিংবা ঙন্নরোইদোবা মতেং নৎলমদ্রবদি মতম চানা পুথোকপা ঙমগনি থাজদে। শেন ফাওবা পুথোকপীহনা, চে-চাং লৈবদগীনা নম্বা ফাওবগী থবক ঐজ্ঞানা ৱাবীথি। মসিগীদমক পুক্নি চুপ্পা লমন তোনশিঞ্জরে।

মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মহৈরোইশিংনা লাইরিক অসিবু কন্না থিনরকপদা ঐনা মতম চানা ফংহনবা ঙমখিদবগী অৱাবা অহু ঙসিমথৈ কোকলগনি খনবদা পুক্নিংদা নুংঙাইবমা ফাওই।

ইহৌশা কয়িসু খঙজদবগী হৌনবা অয়ান অহুই য়াওরমখিনি নিংই। মসিগীদমক ঙাকপীনবা ইকোক নোঞ্জরি। লাইরিকসি পুথোকপদা ৱাবীখিবা সর্ব্বশ্রী ভাগ্যবতী কার্য্যালয়গী থৌপুবশিংগী মফমদা লমন তোনশিঞ্জরে।

ইম্ফাল,

তাং ৭। ১১। ৮৯ ইং কুম। লাইরিক লেংবা।

অমা

তাংলৌচুপ্পা থায়না মৈচাক পুক্লবী নোংমদোন নৈমনা অরাপ্পদা কোয়ৌ মশক উরকপদা মিংস্না থম্বাল অনীদা শিম্থমম্বা লাইজা ঈরীক অমুক হন্না শিম্থখিদ্রে, লম্লেন শোরাচীং তৈনা কোয়ৌ মাবু ওকে লৈথোরকই, অনীমক মায়থোংগা মায়থোংগা হেক মায়োক্লে; খোঞ্জেল য়াবাদি থোক্লদে মিংচাননা য়েংনৈ। ওম্ভোকই বাংলেন পুংজা থরদং থানখিববু বানা ঙাইনরুবোই!

মোইরাং খুঞ্জাউ অসিগী কৈথেল ময়া মক্তদা তুশোন মানশোন, কনা লৈত্তবগুম উরবী মমা মচা অনীমক অবাং পাংনা কৈথেল তন্না কারক্লে—

শেগায় ফিমন ফিজেৎনরবা, নমদা পোৎয়োম নম্বো পোরবা মমা মচানি, মথোয় অনীমক লৈথোক লোয়রবী, কুমগী মমৈদা শাৎলিবী, লৈরাং লৈরীক শান্নবী, থম্বাল মাগী শকফম্নি, অনীমক মমি শাম-না উরে। মথোঙ থাংলি, চৎলি হায়বত্তমক মঙায়রে। অন্নম অন্নম লাক্তুনা কৈথেল তারমদায় অসিমক্তদা অচৌবা খোংনাং মপাল অমগী মথোঙ তন্না চঙশিল্লক্লে, উগী উরা অমদা পোৎয়োম নম্বো থারগা অনীমক ফমথমিল্লগ্রে।

ঙাইহাক পুঙ্গোয় বা-রান অমত্ত ঙাংনদে, মথোয় অনীমক লু-লুক্না রাথল তৌরি। ইথং থংনা অহল অতুনা অরাপ্পা লৌবুক লমহাং অসোমদা মথুং থিন্দুনা লাউরকই,

“য়েংউ য়েংউ আদগী অসি—
মথোয় অসিনি, মথোয় অসিনি।
চৎসি লাও ইমাগী ইবুংঙো!”

ফূক হৌগত্তুনা মনঙ্গন্দা নম্বো থোঙ্গংলে। মচামুপাদি মমানা হায়রিবহু করিনো হায়বফাও তাদবগুম তুমিন্না ফম্লি। ফম্বা নত্তে, উগী উরা অমদা মোনখাংননা মমিং অনীমক উইরুম উইরুম তৌনা, তাবগুম, হিপ্পগুম শাত্রাং তারি।

"তারিবরা ইবুংঙো?

তুন্নব্রা নহাকপু?

আদা লৈরেনেসে!"

"করিনোনে ইমা?"

"তো! আদা লৈরে!

হৌগংলু চংলসি মথোয়গী মনাক্তা।"

মমানা মখুৎ থিন্দুনা তাক্লিবা অদোমদা য়েংথোক্লকই।

"হৌগংলু, নম্বো পোখংলু—

চংলসি, ইমাগী তুং-ইল্লকউ!"

"য়াবীরমগত্রনে ইমা?"

"ইন্না ইচাগী অবাবা অসি উবীগদবা মাল্লি।—চংলসি।"

য়াম্না থাজবগা লোয়ননা হায়রকপা মমাগী বাহু তাবদা মহাকস্থু হৌগংলক্লে। উরু উরাদা মোনখাংননা হিপলম্বদগী গুমদা গুমদা হৌগংলক্তুনা মাগী শরুক নম্বোহু থোঙ্গংলে, মমানা চংলিবা অদোমদা লম্বী লৈ লৈত্তে খঙদনা হেক্তা শমথরক্লবনি। লৈক্রক হুইয়া শারম্বা লৌবুক্তা মকুম মথা ওইবগী ঈপান লাইজ থিকথিবদা মঙাইখ্রিবা মতমনি, খোঙহৌ থিনবশিংগী লৌবুক্তি হুইয়া শানা অহুম মরৈরি, লাইজা ঈথে চাবনা লৌরাং তুবা ময়াবা অহুগুম্বা তাঙ্গানি। অম্তুম য়েংথোকখিবদা লৌ পরী অনীরোম থাপ্পা পুংকক চাউরবা শঙ্গেন শনঙাক্তি মঙমজরবা তনৌ তনৌরিবা মুপামচা অমগা, মাবু পোকপী মমা ওইরিগত্রা, নহাদ নহাদি নত্রবী অমগা লৈরিবহু উরক্লে। মুপামচা অহুনা শমোক অনী পাবোৎ লাক, শাজৈ খুত্ত পায়, লাঙ্গোল য়োংলম ফাংলি। মনাক্তা লৈরিবী

অহুনা লাঙ্গোল য়োৎলম লীহুনা খুত্তা পায়রিবা য়োৎপাক্লা তেংপাক তেংলৈশিংহু মথক মখা ওন্না ওন্না তেমথোক্লি। মখোয়গোম ওন্না চঙশিন্নক্লিবা অহু উরকপদা মুপী অহুনা লাউরকই— "হা ইচে, লম্বী নত্তেয়ে।" পাউথুম অমত্তা পীরক্তে, অসুম অসুম চঙশিন্নকই। মখোয়গী মনাক য়োৌরবদা অসুম্না হায়রকই—"ইবেম্মা নহাকী ননাক্তা লাক্লিবনি।"

"করি তাকপীগদবা?"

"ইমা ইচা লাঙ্জেলকপনি, ইম্ফালদগীনি।"

"কনাবু থিবীরকপনো?"

"থিনিংঙাই থোইদোকপা লৈতে। নারান্নসৈন্যদা ইচেমগী খওনা চায়বা মরূপ অমত্তং লৈজে, চঙজরুরে। থিবা কংদ্রে। লোক্তাক খোঙবান্দা হেক্তা মরেল্লুরসি লাক্লবনি।"

"লোক্তাক খোঙবান্দা!"

"উম, লোক্তাক খোঙবান্দা! অহুবু মফম অহুদা করম্না লেল্লুগনি? ওরাং মুমিদাং অথেঙবদা মফম অসি য়োৌরকপনি। বামোন ইমুং অমদা চঙহুনা অহাংবা মাগুব মচি অমদা ওরাং অহিং অহুমত্তং লেকচগে হায়হুনা লেপ্পরুই। নোং-ঙানকাত্রিঙৈদা থোকচরক্লে। ইমা ইচাগী খওন চায়বা কনা অমত্ত লৈজদে। নহাকী নফমদা ইমা ইচাগী য়ুমথুংফম নীজগে লাক্লিবনি।"

"ঐগীদা?"

"চিংনফম থোকই। পোকপদগী শকখঙ মায়খঙনত্রিবা ইচিন ইনাও ঐখোয়নি। য়ুমথোং খুদিং চঙহুনা চঙনফম নীরুবা করিম্নু চিংনদে। অহুবু লুখ্রা ওইরবী, লাইরা চুদৎনরবী চঙহন্নিংলমলোইকো খল্লুবদা চঙঙুবা ঙমদ্রে। নহাক্তি ইসুং-ইমান্নবীনি; নচাগা পাংথক ওইরবা অঙাং অসিগা নচেম ঐগবু য়েনখা মচি অমদা ওইরবসু হিপফম মচেৎ অমত্তং পীবীয়ুনে! অসিদগী হেনবা হায়জরোই।"